# অশৈবগী শৈরোই

## শৈরাংবা

অনোবা মণিপুরী সাহিত্যগী
ইহান হানবা খুংমাবা খোর্জে তরেত্তা হৌজিক লৈরিবা,
মণিপুরগী ইহান হানবা কলেজগী মণিপুরীগা ইতিহাসগা
অনীগী হৌদোকপা প্রোফেসার,
গবর্ণমেণ্ট ডি, এম, কলেজগী মণিপুরী ডিপার্টমেণ্টগী হেড,
বি, টি, সেক্সনগীসু ইহান হানবা প্রোফেসার ওইখিবা,
জরাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেণ্টর্ অব্ পোষ্ট-গ্রেজুয়েট ষ্টডিজগী
ডিপার্টমেণ্ট অব মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ এণ্ড লিটরেচরগী ইহান হানবা হেড

**অশাংবম শ্রীনীনকেতন সিংহ**

সাহিত্যরত্ন ( মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ),
ফেলো ( মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি ),
কবিসম্রাট ( থোংগল মরুপ, হাইলাকান্দি, কাছাড )
মেম্বর, সাহিত্য একাদেমি ( লোকেল এডভাইজরি বোর্ড ),
মেম্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
মেম্বর, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি,
মেম্বর, জরাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাদেমি,
চেয়ারমেন, অরবিন্দ সোসাইটী ( ইম্ফাল ব্রাঞ্চ ),
প্রেসিডেণ্ট, ৱার্লড ইউনিয়ন ( ইম্ফাল ব্রাঞ্চ ),
প্রেসিডেণ্ট, এন, জি, কলেজ।

ফোঙবা :— শৈরাংবা মশা।

খুৎনম :— ইহান হানবা।

বুমজা :— ১৯৭৭ ইং।

মখা :— দি মণিপুর প্রিন্টার্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স, ইম্ফাল ( মণিপুর )




[illegible] উবা নুমিৎ
শকাব্দ ১৮৯৯ মেরা নীপাল্লি পানবা, শগোলশেন,
( ২০ অক্টোবর ১৯৭৭ )

# ৱাহৈ অমনীদং

ঐগী 'অশৈবগী শৈরোই' অসি খর চাউনা ফোংনীংবনি। অদুবু পিক্লা থোকউ তম্লম্বরা, পিক্লা অসুম মথোক্লে। মসি ঐগী খল্লোইগী মরাদগীনি, হায়—

"পুনশিনা লোইরকপা মতাংসিদা ঐগী নুংদা চৈনাগুম্বা অমা ফাওই। মসি অতৈ করিগীসু নত্তে, বিদায় নরকপগীনি—নীংথিরবা জগৎ অসিদগী নোংমা, পঙ্কুই বু ইদনা খোঙশাল্লনিকো খংলুবদগীনি। ঈরোয়ননা নুংঙাইবগী ঈহুলগুম্বা অসু ফাওরি। ঐগী নুংদা ইমাগী মশক মমি শামি তাবগুম তৌবা, মহাক্কী অংকপা মশাল্ল খর খর খঙ্গুম লাক্লম তৌবা—অমদগীনি। অনীসিগা মগী লৈনবা শৈরম খরদনা অথুম ইমাগী শৈরাং থোগল্লমসি" তত্তনা ঙংই।

অতুনা, অমা শংখি অনী শংখি তৌদুনা শৈরম এৱাহুমদোইদনা অঙ্গনত্তনা "অশৈবগী শৈরোই" পিক্লা অসুম থোকচরবসিনি।

শৈরাংবা

# য়াকম্নত্তংবা

অহল ওইশিল্লকপনা মিং শামজিল্লকপদগী প্রুফ রিডিংদা অশোয়বা নাম্থোকখিবা কয়া য়াওখিবনা লাইরিক্লিদা অবানবা থব য়াওখিদবা নত্তরে। অমত্তংদং নত্তনা অতৈদি পাবিরিবা ইবুঙ্গো ইবেম্মশিংদা পঙ্কায় কায়রোই খঙ্গরুবনা অমত্তংদা উচ্চরে।

লামায় ১৭—অরোইবগী হেক মথক থংবা পরেং—লোকলায় নত্তে 'লোক্লায়' নি।

শৈরাংবা

# কচ্ছবা

ইমা,

নঙী নখোঙ থৃম্নাখ'

কংলি নচাগী

অশৈবগী শৈরোই—

কোম্বরমগম্রা' খঙদে ইমা

নঙী খো'ম্নিক্নগী

মমল !

নচা'

মীনকেতন

# শৈরম পরেং

১। বিদায় কবিতে বিদায় — অহানবা লামায়

২। শকই ইশৈ পোথাদে, লেপ্তে মিফুপ অমত্তং — তরুকসুবা ,,

৩। কপকনুকো নুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙফম উ — তরামঙাসুবা ,,

৪। মিংখৈ’মনা কোই ইমা অমুক’মনা তালোয় — কুনমাবসুবা ,,

৫। নংসে নুপি ইমানি ইমা — কুন্থ্রানীথোইসুবা

৬। খঙনা খঙনা অন্থবু কুইর-কুইর মমম্মি — কুন্থ্রামাপলসুবা ,,

৭। খঁঙ্দ্রে ইমা মণিপুর নুংশি নশক্তম — নীফুহুমদোইসুবা

৮। খবমজৈ ইমা কংলৈ সনাপৃং — নীফুমঙাসুবা ,,

৯। লোরো ইমা নচাগী শিন্থরিবা মিংকৌ পি — নীফুনীপালসুবা ,,

১০। জৈ মা নঙ্গী জৈ — য়াঙ্খেহুমদোইসুবা

১১। জৈ মা জৈ — য়াঙ্খেনীপালসুবা

১২। জৈ মা জগৎপোকপী নঙ্গী জৈ — হুম্ফুসুবা ,,

১৩। থারবনি গুসি পুনশিসে খোঁঙা — হুম্ফুমরিসুবা ,,

# অশৈবগী শৈরোই

## বিদায় কবিতে বিদায়

কোলোয় ফাম্ন রাহোগে হুংশি নঙবু ঙসিদি ;
হায়ু তাসি কবিতে, করি লাক্লি হৌজিক্তি !
পুন্সি কোরৌ য়াচঙ তম হুল্লে নোংচুপ চীঙ্গী কোল ;
য়োগদোরে য়েংউনে য়াচঙলৈমা মশাইগোল !
হায়ু নঙবু মবেম্ম, কদোরুনি হৌজিক্তি ;
হুংশি নঙবু খল্লুনে, কদোননি ঙসিদি !

হুংশি-খোঙফম অহানবা পাম্মু নঙ্গী কাদনি ;
হুংশি-শৈশক অহানবা পাম্মু নঙ্গী নাদনি—
চীঙ্গী খোইমু শাহুল তম হুংশি-কাইহৌ-শৈরেং লেং,
হেম্মোইনজ মুনা য়েং হেদৌনজ চিংনা য়েং,
নাপ্পচিক্ক নঙ্গী কা শত্রম্লেদো কয়া ঙং,
হুংশি-থৃদোল ফংবরা লৈশিল লৈশিল লৈখোং শঙ্ !
নোংচুপ চীঙ্গী কোরৌ ওই থূনীং মোইদোন কাঙনা কাঙ্
খাঙলম্লেদো কয়াম্ম হুংশি, নঙ্গী খরায় লাং !

উনা উনা উহৌদে তানা তানা তাহৌদে—
রাৎপনরা নংনা প্রেম করি থৌশাবিথিদে !
লৈহি চেন্ন লৈকা চোল লৈহি খূদোল তমখিদে,
খৌরাং খৌরাং মরীক্ষ থকপা কৌবা ফংখিদে !
নোংদম মাগী নোংদম্ন করমদৌনি হুংশিরুই,
হুংশিরুমল পুবা তাই থম্মোই মানা খঞ্জরুই !
হুংশিরুমল চেক্লা ওই বসন্তগা মরুপ ওই
সোল্লিসিম্ঙায় মঙলান্দা নোংবাল মানা পিথাদোই !

থাদোক্লমঙৈ নীংবা কায় মাল্‌তী নঙ্গী হুংশিকোল,
কোয়ঙাওনঙৈ পোথা থি থেংনরুরে কুন্দোকোল—
শাৎলম্লেন্দো লৈরাং'ম তনৌ তমেং মিৎফম হূ
শাঁঙেল নদৌ নাশংলক— হাখি লৈনম পূক্নীং হূ !
মাল্‌তী মাবু হুংশিরুই, কদৌরুনি খোয়দারুই,
মঙদাররোই কদৌহুং— অরেম্বনি, খঞ্জরুই
মারুররোই মখোঙভম উর্ব্বশীগী করিহুং,
কোরৌ লৈরাং নীংথিবী শাৎলসনু কোরৌহুং !

কঁঙাওননা শৈরেং সেম শকুই লৈরাং নাপ্পদা—
নোংদম মাগী নোংদমখোল, পেল্লুরবোই তাবদা—
কুন্দো পরেং তনূলেং লেং থাখি ঙক্ত লৈপরেং,
পীখি পাউথুম হুংশিগী শৈরেং কয়া তনূলেং লেং !

হুংশি নংবু হুংদা চল্ অপাম মাবু পান্দ থোং
অপাম মাগী পোইরৈ ইন্ সারুরেদো জগোই চোং !
হেম্মোইনভৈ অপাম্ন হেম্মোইনৈদো হুংশি ঐ,
হেদৌনভৈ অপাম্ন হেদৌনৈদো হুংশি ঐ !

---

লেল্লক্লেদো পুন্সি কোঙ্গায় হুংশি ঐসে অস্নুম,
লাক্লবনি কুন্দো কোইজ পাম্মু ঐসে অত্নুম !
কাউদে 'হুবু কচৈচ থম্মোই হুংশি নঙ্গী পূজা,
ফংজবদা মীরৎ নারৎ হুংথিল খঙদে নোংজ্ঞা !
মৈচৃরনি কংহৌরনি কুন্দোকোন্সে হুংশি,
খোঙদারবা নঙ্গী কুঞ্জ হৌজিক অমুক ঐসি !
হল্লো হুংশি মাল্তি নংবু হুংশি হুংশি অত্নুম,
শঙহৌবগে কুন্দো নৈখোং ওল্লাং ওল্লাং অস্নুম !

হুংদা চেনবা হুংশি-ফল্গু চেল্লসন্নু হুংদা,
পান্দ চেনবা অপাম-গঙ্গা চেল্লসন্নু পান্দ—
কায়নরসি হন্দকমুক্তি হুংশি হুংশি অস্নুম,
তৎনরসি হুংশি নংবু পাম্মু পাম্মু অস্নুন !
উন্নসিকো হয়েংমুক্তি হুংশি-খোঙহৌমক্ত,
তিন্নসিকো পাম্মু নংবু হুংশি—শৈহৌমক্ত !
ন্নারৌরন্নু হুংশি নংবু হুংশি নংবু বিদায়,
শাউরন্নুকো পাম্মু নংবু পাম্মু নংবু বিদায় !

কপ্লিবরা হুংশি নংবু, কপ্লি হুংশি নংবু !
কপ্লি ঐস্নু পাম্মু নংবু, কপ্লি পাম্মু নংবু !
থম্মোই অনী তুনা লেংবা তাশোন্নিনে বিদায়—
মাবু লঙবা থম্মোই 'নীদো লেংই থুম্না শেং কায় !
নঙ্গী চৈনা, চৈনা ঐগী অঙ্কানিনে অঙ্কা,
মৈচাক নঙ্গা ঐগী মৈচাক অঙ্কানিদো অঙ্কা !
কায়রসন্থু থম্মোই ঐগী হুংশি নংবু বিদায় !
কংলসন্থু লকা ঐগী পাম্মু নংবু বিদায় !

কপ্লগন্থু হুংশি নংবু, তোক্লো মাঙবা তারে—
হুংদা চেনবা প্রেম-ফল্গু ঈহৌরকপা তারে !
নঙ্গী পিনা ঈনোৎ হাপ্লো ঈহৌরক্লো ফল্গু
কায়বা থোক্লো থম্মোই-শাবল— হুংশি নংবু খল্লু,
হাথরনি কুম্দোবোম্দো— মাঙজরেদো কুম্দো !
মরাল করি লৈজদেদো, মূৎলো মাগী কোম্দো,
নীঁঙল্লোইদো হুংশি নংস্থু শামান্নবী মশুং
কপকনিদো পাম্মু ঐস্নু লৈপান্নবা ইশুং !

---

লাক্লি করি ঙসিদ কদৌরুনি হৌজিক্তি,
কপ্লরিবা করিহুং কদৌননি ঙসিদি !
থুপাখ্রে পেনা হুংশিখোল লোৎখ্রে চৈজিং শরিকখোল—
করম নঙ্গী কুঞ্জদা শক্লুগনি হুংশিরোল !

মঙ্গী লৈরাং কবিতে, হল্লো হল্লো মঙ্গীকোল,
তারুরেদো নদাইদি নোংদমখোল্লোয় তাইবংকোল !
তাইবংকোন্দ চন্নদে মঙ্গী লৈরাং লৈপরেং
তান্নে লোইনা সনরিক হল্লো হুংশি লৈপরেং !

---

কায়রসন্থু থম্মোই অনী হুংশি নংবু বিদায়,
বংলসন্থু লকা অনী পাম্মু নংবু বিদায় !
বিদায়—

কবিতে—

বিদায়——— !

---

# শকই ইশৈ পোত্থাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং

অশৈবা অমা,
অশৈবা অমা—
পুদে মাদি লূগী তোঁগী হকচাং,
কোন্নরিদো ঐগা পুন্সি-লমশাং।

লোয়িন্নি হায়সি
নত্তে ঐদি নিংথৌস্নু,
নিংথৌ সনা লিকথাংস্নু ;
মরুপ্নি হায়সি
কোলোয়নদে কদৌক্নুং,
পাওমেন্নদে করিস্নুং ;
নত্তে কৌবা খল্লসি
থানঙমদে মিকুপ'ম,
তৎনঙমদে শৈক্ষে'ম ;
অতুনিদ অদানি
খঙদে করি অমত্ত,
হংনরুদে নোংমত্ত ;
থঁজি মাগী হায়ববু অশৈবনি 'সিমত্তং—
শকই ইশৈ পোত্থাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

শৈরোই

ইশৈদ শকই,
মাদি ইশৈদ শকই—
হরাউবগী শৈরোল কয়া কয়ানি,
শৈথাংনা অমুক কয়া কয়ানি।
নুঙাইবগী শৈশক কয়া কয়ানি,
শৈহেক্লা অমুক কয়া কয়ানি।
অরাবগী শৈওং কয়া কয়ানি,
শৈদানা অমুক কয়া কয়ানি।
নুংশি মাগী শৈশক, ফজ্জৈ মাগী শৈহেক—
তাবদা মুল্লি, মুল্লি হেক্ত তাবদা।
খঙবদা রাগরাগিণী মপা লৈতে কনা'ম,
তালগী লয়গী মরমদা লৈতে কনা মপা'ম।

নত্তে নত্তে লাল্লেনে,
রাপু অমা শোয়রেনে—
রাগ মাগী শায়োন্নি,
লাংলোন্নিদো রাগিণী,
তাল মাগী খোঙবুনি,
লয় মাগী খোঙলৈনি।

তমেংলবা ইন্নুংগী চেক্লাখোন্দি লোরবা,
ঈচেম্নবা লাইজগী লাইজখোন্দি মিরবা,

নোংঙ্গা কোইবা কনাগী বাঁশীখোন্দি মেঁঙবা
যৌবা নত্তে কদৌহুং,
ফংবা নত্তে করিহুং
অতুক মতমজবনি — অফানবনি অফানবা।
হুংশি মাগী শৈশক, ফজৈ মাগী শৈহেক
তাবদা মুল্লি, মুল্লি হেক্ত তাবদা।

জগোই হৈতে হায়নৈ ঐবু
সাবা লৈতে নোংমতবু —
অরানবনি অরানবা,
অরানবনি অরানবা —
পেনা লুদি থাদা থোং
চৈজিং য়েৎনা খিংনা খিং
ওয়না তম খোন্থাং হাপ
অশৈ মাগী শৈশক্ত
চোংলুই জগোই হেক্ত পা।

সারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিহুং —
পলেম ফৈরা তাজীল লাং,
খোন্নাং খোমজিল চরৈ হাং,
ওয়না খোমজিল নৈনা নৈ

যেৎনা ফিদোল চিংনা চিং
সারক্লে জগোই কয়া নাউরা-মঙলান্দ ।

শীঁঙেন্নিবু হায়সিরা,
লৈবা নিবু কৌসিরা
হুংশি-চেংলে মাঙদা থা ইশানৌগী পাম্মুবা
সারক্লে জগোই কয়া থংলেল-মঙলান্দ—
করি নোংদা নোক্ল নোক
করি নোংদা কপ্ল কপ
সারক্লে জগোই খোঙকম কয়া পুন্সিন্নুং ।

হুংশি-পূন্ধে চেংলৌশিং— থরায়নবা হংগী লাই,
শানে হুংশি মথৃদোল—থম্মোই শিবা হংগী লাই—
শমু মাঙদা থানা থা
সারক্লে জগোই কয়া পম্থো-মঙলান্দ—
করি নোংদা মোমোন নোক
করি নোংদা পিরাং চেল
সারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিন্নুং ।

লেপ্তে মিকুপ অমত্ত—
শকই ইশৈ মহাক্ল
চোংই জগোই ঐহাক্ল ।

কায়দে স্তুর মাগী 'মুক্ত
শোয়দে খোঙথাং ঐগী 'মত্ত।
হোদে তান্সু মাগী খিত্ত,
নৌদে থুখেক ঐগী 'মত্ত।
শৈয়িন সাবা জগোইনি করি করম হায়সিবা,
জগোই ইন্ন শকপনি করি করম্ থস্সিবা!

শকই ইশৈ মহাক্ক— ইশৈদ পঙশক্ত মশকই;
চোংই জগোই ঐহাক্ক— জগোইদ পংচোংদ মচোংই।
মিৎশুক্কদে কদৌনুং,
খাজিক্কদে করিনুং,
সারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিনুং।

শীঁঙেল লৈরাং শাগৈনা লৈরাং লৈশাৎ তন্ন তম
লৈরাং লৈকেন্নজবা উরবনি কয়া ঐ।
তাউজিং হৈরাং পুন্নবা হৈরাং হৈমুন তন্ন তম
হৈরাং হৈকেন্নজবা খঙলবনি কয়া ঐ।
তুম্মা পাইবা চেক্লাশিং য়াংদৌ শমজি তন্ন থাই
পোম্বি থাশেৎনজঙৈ মথম্মোইদি কায়না কায়
তেংথা নাওইনজবা তারবনি কয়া ঐ,
তরক খোঙফমন্নজব উরবনি কয়া ঐ।
খল্লুদেদো নোংমত্ত য়ানি নোংম ইশরুক

মিৎলু তরঙ তন্ন হৌ লুরেল ইকোক তন্ন লুক
লুপখিবনা ইথরায় কঁঙাওনবা জগোইদা
মুনখিবনা ইথম্মোই অশৈ মাগী শৈশক্ত ।

লৈরক্লে শৈরেং ঙসিদি অশৈবা—
য়াচঁঙে য়েংঙ্ক কোরৌ অঙানবা,
য়েংনরে কায়দোং শাগস্তফাংবা,
থোংলক্লে হারি খম্মিন শৈরাংবা
য়াচঁঙো নংস্তু পারি নহাবা,
কৌরক্লে নংবু পলেম নমানা
যুগ যুগ খুদিং পলেম চাম্ম শায়োনবী
কংলৈ থোঙজীল য়ৈনা য়ৈনা নাউরোই থোম্নাংবী !

তুমখুল্লুরো হৌজিক্তি পারি নংবু নহাবা
পলেম ফৈরা তাজীল লাং !
সারে ওক্লে জগোই ঐগা ফনা য়াম,
শক্লে ঐস্তু ইশৈ নঙ্গী ফনা শাং
পোথারুরো পোথারো পারিনিদ নহাবা,
পলেম ফৈরা তাঙীল লাং !
কৌরক্লে নংবু পলেম নমানা
যুগ যুগ খুদিং পলেম চাম্ম শায়োনবী

কংলৈ থোঙজীল য়ৈনা পারি মমোম খোম্লা বী ।
য়াচঁঙোদা য়াচঙো পাবি নংবু নহাবা !

কবিনো জগোই অমুক সাখিগদবা ।
কাউরে খুথেক শমু খুৎ,
কাউরে খোঙথাং শমু খোঙ,
হুংবংনবে উনবি থম্মোই
পিরাংনরে শমু মিৎলাং—
করিনো জগোই অমুক সাখিগদবা ।

পন্দে মাদি অশৈবা —
শকথৈ শৈরোই পরিং অতুম হান্নই মতম ।
ঐদি কদায়, কদায় ঐদি —
চোংই জগোই ঐস্যু অতুম হান্নই মতম
হায়সিবা করম ।
চোংদ্রে অমুক শৈয়িন ঐদি হান্নই মতম
খন্সিবা করম ।
লৈখোক লোয়বা লৈবাংনা তরোই তবোই লৈচু ওল
য়াচঙ ঈরা ঈফুজিন মতুনিদা পোন্ন পোন
মালং তান্থা পুসি কদায় পুঙমদ
পুরন্থসি কদায় 'হুস্যু ঙমজদ

ঈঙ্গবগুম তরোই তরোই তরোইবা মহকচাং
লৈশক্লিস্থ তরোই তরোই
লৈচুনিস্থ তরোই তরোই
লৈখোক্লিস্থ তরোই তরোই—
হৌজিক ঐগীদি –
তবোইবা জগোই — তরোইবা জগোই,
পিরোয়নবা তরোইবা জগোই,
হুংবংনবা তরোইবা জগোই,
তরোইবা জগোই — তরোইবা জগোই ।

কদায় মাদি অশৈবা –
শকথৈ পন্দে শৈরোই অতুম হান্নই মতম—
অশৈবনি মহাক্তি
ইশৈদনি মাগীদি —
তরোই সাবা জগোইনা কায়দে করি মাগী কা,
তরোই মাস্থ শকই 'তুম রাক্তে খোল্লে মাগী কা ।
সারে জগোই ঐহাক্না মাদি অতুম শকপনি,
লেপ্লে জগোই ঐগীনা মাদি অতুম খোংবনি ।
শৈরোই পেনা থাদা থোং মতোল ফেল্লপ লৈদা চীং
শৈরোই চৈজিং কাইদ চিং শৈরোই শরিক মিনা খিং
য়াচঙ খোল্লে তরোইবা য়াচঙ-খংগোল তরোই খোল

শক্লি শৈরোই হিক্ল হিক থম্মোইনিদ খোন্ন খোল—
"থবিনা তন্ন মমি শাম থবানা তন্ন মকা লাম
ঙাইরিয়ে নংবু মৈরা চম থরান্ন পরেং মকা লাম
খৌরাংনা পলেম নমানা— য়াচঁঙো নংবু নহাবা !"
"সারক্লে জগোই ফনা য়াম
শক্রক্লে ইশৈ ফনা শাং—
তম্মুরো চৎলো পলেম কা জগোইনা করম সারকপা !"
"তম্মুরো নমঙ হয়েংগী পলেমগী ফৈরা তাজীল লাং
কাজরো পূংদা হয়েং 'মুক সাজরো জগোই খৌজাল লাং !"
ঙাইরেদো খৌরাং নমানা তাল্লুরো তুমথুল নহাবা !"

লুপ্লি মদোম ইশৈদা,
মুল্লি মদোম শৈরোইদা।
অশৈবনি মহাক্তি
ইশৈদনি মাগীদি—
শকই ইশৈ পোথাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

---

# কপকন্নুকো হুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙফম উ

কাউরবরা হুমিত্তো হুংশি নংবু ঙসিদি
নঙ্গ ঐগা অহানবা হুংশি-শৈহৌনখিবা,
নঙস্থু ঐস্থু অনীমক হুংশি-খোঙফম্নখিবা !
হুংশি নংবু হুমিত্তো কাউরবরা ঙসিদি !

ঈচেঞ্চাদি অনীনা ঈহৌনরক তাম্ন তাম
ঈতিন ঈচেন্নবগুম হুংশি-ঈপাক তন্ন তম,
য়াংদৌ খোঙদিন্নরকপা হুংশি-মঙলান মঙনা মঙ
কাউরবরা হুমিত্তো তাঙ্খোরবা মংনা তাম ।

কৌরৌ নিংথৌকাবনি— নিংথৌকাবা হুমিৎনি ;
লৈপাক্ষানি মতম্ন— হেইজৈ লৈনা লৈকোন্নুং,
হুজা-লৈরাং নহাক্ন ঐগী থম্মোই লকান্নুং—
শীঁঙেল পোমশাৎনরকপা হুংশিরকপা মতম্নি !

হুংশিরকই হুমিত্তো নত্তে হুংশি মতমদো !
হুংশি নঙবু মাঙদা থা মখি মঙলোল মঙলান্দ,
উথি ফজ অপুম্বা হুংশি নঙ্গী চেংলৌদা—
তম্নম্নগে ঙসিদি লোইনা থম্মোই মপাউদো !

অরাবদি অহুবু— পাউদম থাবা লৈয়েংদা
নোংদম্বনা রাখল শোয় হুকপিরমত্রে মিৎফম্ম,

ফজ থিবা মিৎফমদা পীনরমদ্রে লৈয়েং'ম—
খুঙদ্রে করম তমগবা থম্মোই মাগী পাউদমদা !

ফজখিদ মতমদো মুংশি-চেংলৌ নশক্রম !
নুংহী চেনবা নুংয়াইনা হেঞ্জবগুম নীক্লিক লাউ,
সনা ঈরী মঙান্ন মশা পূম্বা নীক্লিক লাউ
তথক্রবী নোংথাংনা লেপ্পোই নীঙ্খি চীকপা তম !

কালেল থাজ মায়থোংদা উরু খেংনা ফজবা
মুংশি নঙ্গী চেংলৌ উ খেজরিবোই নীঙ্খিদা !
চীরু হেনবা মেরা থা চীকচরিবোই খনখিদা
মুংশি নঙ্গী মায়থোং উ ঈংনা মেঙনা হেঞ্জবা !

মুংশি নঙ্গী মিচ্চি তেল— লৈগী তেন্নি লৈগী তেল ;
লোৎলম্বনি লৈগী তেল মুংশি নঙ্গী নিকোয়মুং
শান্ননীঙু ঐহাকপু মুংশি-লাইনা করিমুং—
নম্রবদা থোরোই 'তুক মুংশি নঙ্গী মিচ্চি তেল !

লমজাউ উরী নামিবী উকা য়োসি য়োঙমদ
লৈদা চৎসি চৎনীংদ তনো নেম্নেম উপাল তাং
নৌজরিবী হাইনা হুম নৌজবনা মহকচাং
মুংশি নঙ্গী শাথেক তম নৌজবনি খনখিদ ।

পোমশাংনরে খ্দিল তৌ লমথোইজবী থানদি
স্নজা ওইবী নঙনদি গুপচিঞ্জনাং ইকাইজ
থাখুন্নজ শাগন্ন থুপ মিৎনা বোইরু থাশেঞ্জ
শাগুপচবা শাওংদো নীংশিংলকই ঙসিদি !

উবীনদি নামিজ লৈশাংনদি চবোং তম
পুক্তবদা লৈচবোং পুঙমদনা কোন্থজ
মপোক্কানি খনখিদে ফজমন্না ফজজ—
কোঞ্জবিবোই নাঙ্খিদা সুংশি নঙ্গী শাগুপ তম !

থাংজীং চীঙ্গী নয়োন্দ তলা পানেল উকা লাং
শাক্সরিবা লৈহুংশি মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল
লৈবাং মানা শাৎপা উ লোইবি চীংমায চীক্র চাল
[illegible]

[illegible]
শাচ্চরবা কিবা তাই তাইবং খরায় থোঙজীন্দ—
লৈচু শোযরোই তাউথনি গুংজহোগে চীঙ্গোন্দ—
তাখিবরা চীঙ্গী কোল খনখি হুংশি নচু উ।

কৌব চীঙ্গী লোকচপ্ত লোকচপ লোকলায় চীক্র লাং
হেঞ্জরিয়ে লৈহুংশি— চীঙ্গী থম্বাল উথম্বাল—

শীঁডেল মানা শাৎপা উ লোইবি লোকচপ চীক্ল ভাল
থনখি মুংদা করিগী শাচ্চৈ লৈনা লোকচপ লাং !

শাৎলোই করি লো.কচপ লাং শীঁডেঞ্চাদি উথম্বাল ।
লৈওং হায়রে লৈরাংগী মুংশি থাওং তম্বনি,
লৈচু হায়রে শীঁডেলগী পাম্মু থাজু তাংবনি—
থনখি অসুম থম্মোই মুং মুংশি নঙবু মাঙদা থাল !

শেলোই লংমাই উকোন্নুং তলা পামেল উকা য়াল
নৌজরিয়ে লৈমুংশি থেক্ল খোয়না উরীৈর
মালং কাইদ শউম লাং নৌজরিয়ে লৈনা লৈ—
থনখি মুংদা করিগী শাচ্চৈ লৈনা মীরম লল ।

মুংশি নঙ্গী শাথেক উ ফভজবা থাপ্ল তাম
শীঁডেল মাগী শাথেক্কো মপোক্কৌনি থাঙমদে ,
শানৌ কনাই শাথেক্কো তাংদাংবসু থঙজদে—
মুংশি নহাক লাকখিনি থনখি ওংজৈ উকোল তাম ।

মুংশি নঙ্গ খোঙবু ওই খোঙফম্নৈঙে পুন্সিদা
মুংশি-মঙলাল তম্ন তম মঙলোন্নিসু কয়া নঙ
পাম্মু নঙনা মাঙদা থা থংলেল ঐনা তুংদা থং
থোকখিবসু কয়া'ম ফাওরকইদো মিৎসিদা !

ফজ্ঞ নঙ্গী মফজ্ঞ থকচনীঁঙু মিৎসিনা
মিথুম্না থকচঙৈ য়েংজনীঁঙকপনরা
নম্রে করি দৌরিবা থঙজনীঁঙু বনরা
মিচ্চি হাইরপ নোকফেংলম নোক্মিনখি নহাক্ক !

হেম্মোইনজৈ নখোঙথাং— হুংশি ঈপোম্নবা তাই !
হেদোনজৈ ঐহাকস্বু খোঙাপ চাউগান মাঙজোন
থাব্রাংনজৈ নহাক্কা— তুম্বক্কবা রাহৈনা
হুংশি-শৈরেং পরেং সাই—নোকফেং নোকফেং নংন তায়।

ঈপোম্নরম ঈথক কা হুংশি নঙ্গী থম্মোইনা
তনিক তনিক নহকচাং— পাল্লুববোই হুজা-থা
হাইরপ য়েংলম মিচ্চিনা নোকফেং শেঙ্গ থুরুপ পা
হেম্মোইনজৈ হেন্নতুম— য়েংজৈ ঐনা মিথুম্ন।

লাকখি নোংজু কয়া'ম— হুংশি নংনা ঐবু কল,
পাম্মু নংবু ঐনা কল চোংমিন্নখি অনীমক—
ইশা ইশা কাউনখি নংস্নু ঐস্নু অনীমক,
হুংশি নংনা ঐগী থল রানা ঐনা নঙ্গী থল !

হুঙাইবস্নু অমনা অরাবগী চৈরক্ত
ফজখিদো হেন্নত্তুম হুংশি-চেংলৌ নশক্তম !

অশৈবগী

শাচ্চরিবা থম্বাম্না মেরা থাদা লৈশাং তম
ইনুং লীক্লা তন্ন থাঙ সিননিদো খল্লিদা !

থাঞ্জি নুংশা কয়াস্তু— লাইজ ঈখৌ লাংবনা
কোয়ঙাওননা ঈশিং থি লাইজ ফংঙৈ তাংন তাং,
লাংদশিন্ন অনীমক পোরোক পোরোক চাক্ল লাং
থকখো ঐদি খৌরাংদে ঈন্নখিদো নুংশিনা !

নুংশা মৈশা হক্ল লাং তরোই তরোই নহকচাং
নুংশা শীনি ঐনা কি ... ফিরৈ চপ্প সা
পুঙমদনা চরৈ পু খোংফজ অবল সা
নীংথিখিদা লৈরাংগুম তরোইজবা নুংশা থাঙ !

লাকখি কয়া খাবা উন — হকচাং থাগী উনখা চা
গোলাপ কৌবী লৈংথশি খাংজবগুম লৈচ্চ শি
থাঞ্জি নুংশি নহাকস্তু চেংলৌ মায়থোং মায়থিং শী
ঈংজখিদা মায়থোংদে - - কদৌরুনি মেরা থা !

লাক্ল নুংশি ঙসিদি য়াংদৌ লম্বী ফনা শাং—
নোংজু নুংশা মরোল য়াম চরৈ ফিজু ওল্লেদো ;
নিংথম খাবা উনখা চা হকচাং মরাক বম্মেদো—
লৈখোক লোয়রে কেল্লনি তাকচৈ লৈরাং লৈচ্চ লাং ।

পুন্সি কোরৌ ঙসিদি তমখ্রে নোংচুপ চীঙ্গী কোল—
নীঁ ছেদরা করিনো য়েংই নীংহল খুনীং কাঙ !
কাংজৈ খুনাং কদৌনি লৈথরিয়ে নম্লোল লাং,
খিত্ত ঙায়রে য়ৌরনি য়াচঙ-লৈমা মশাইগোল !

লোইবি চাংমাগ ওংবা উ তলা মাগী উকাদা
শীঁ ছেল লৈরাং কয়ানা ওংজৈ তিন্ন লৈখোকস্তু
লৈশাং তমঙৈ তম্মিন্ন নোয়জৈ পুন্ন জগোইস্তু,
লৈরোইনজৈ অতুবু মদোম মদোম তোঙাল তা ।

সুংশি থম্বু থমখিসি রাফমসিমা অস্নুম্মক
লৈকা থাব্রাং ওংজবা লৈরাং 'নীদা অমা কেল,
তবরুক্ত অমনা পুন্সি মাগী রানা লেল
লৈরোইজবা উরেদো রানা সানা অতুম্মক !

চেক্লা তুম্মা পাইজবা চাগোক্মদা ওংজবা—
নাম্ম হান্ন শেত্তোকপি নোংদম থীবা নোংদম্ন
তরক খোঙফম্নজবা কপ্ন লাউনা নাম্মনা
নাইতোম্নিদ রানা পাই উরে পুন্সি লোইজবা !

লৈখোক লোয়শিল নোংমনোং লৈচু লাংশিল অস্নুম 'স্নুম
লৈরোই লাক্লে ঐহাক্কী তাকচবগুম লৈরাংনা

হুংশি ঐস্ নহাকস্ পুঙমদ্রবা হকচাংনা
পুন্সি পোলোই খোম্মনি লাউশিল্লকই অস্নুম 'স্নুম !

শাঁঙেম্মনা হান্ন কেল লৈরাংমনা কোহ্লোঞ্জ
কেন্সি কদায় মতম লৈ কেনখিন্নুসি লৈখোক লোয
তরক্লজ লৈপুন্সি খাঙজবদো হুংশিরোয়
নংলা ঐরা অমদা খোক্লরনি কোহ্লোঞ্জ।

চাউদম শাংদম উজাউনা নোংলৈ শাফু খাঁঙমদ
মালেম য়াহিপ্নবগুম হুংশি ঐনা তাবা থোক
পাম্মু নঙ্গী নমাঙ থা থম্মোই নঙ্গী শোক্ল শোক
কপকন্নুকো পাম্মু নং কায়ন-মৈচাক পুঙমদ !

চেঙ্গুপ শীখি মিকোয়ন্নুং উগে কদায় উঙমদ,
হুংশি-চেংলৌ নশক্তম শমু নাক্ত লৈনা লৈ,
থম্মোই মাগী অরাখোল ফোংদোক্লমগে ফাখি লৈ,
রাগনিকো কপকন্নু কপমিন্নসি কপঙমদ !

লাক্লবদি হনবা তাই শাংলবদি কম্বা তাই—
হুংশি হুংশি কায়নবা পাম্মু পাম্মু তংনবা
মালংচংনি মালংচং— মালংপানগী লেঙদ্রবা।
লৈশাং তম্ব লৈরাংদা লৈরাং কনা কেন্দে তায় !

হুংশি নংনা কপ্প তা রানি ঐবু খোঙশানবা—
থম্মোই নঙ্গী কারবা তানা তানা মপাউখোল
থরায় নঙ্গী চাক্রবা তানা তানা তেংথাখোল
রানি ঐহাক খোঙশানবা, রানি ঐহাক খোঙশানবা।

শিম্ভৌ পিদ মশিম্ভৌ – থম্মোই মাগী ধর্ম্মনি—
কপ্পদদি কপকহু থম্মোই মপাউ তম্ম তম
খোঞ্জেল থোক্ল মৈবা চিং— নোংদম মাগী মপাউ তম।
শিম্ভৌ পিদ মশিম্ভৌ – থম্মোই মাগী ধর্ম্মনি।

শিবা কৌবা লাইছুদি নুংথোকপনি মথম্মোই—
হুংশি নংনা ফনা কপ পেৎলোই মাগী মথম্মোই।
পাম্মু ঐনা ফনা নোন কদৌহুংদা কনবিরোই;
নুংদা ঈশিং চাইবদা করিহুংদা পেচ্চরোই।

কপকহুকো হুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙফম উ,
রাগনিকো থম্মোয়সে পাম্মু নঙ্গী তেংথা তা।
ঙম্মোই হুংশি খোঙশানবা পাম্মু নপাউ তানা তা,
কপকহুকো হুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙফম উ!

---

# মিংথৈ 'মনা কৌই ইমা অমুক 'মনা তালোয়

ফজৈদকো ফজবি ফজজবা ইতালোয়,
ফজ নঙ্গী মফজ্জ করি মফজনোনে !
ফজ মানা শায়োন তৌ উৎকে মশাই মফজ
পোক্লুরত্রা নহাক ওই — ফজ্জমল্লি মফজ !
লাইনা থাবা ফজনাই মিংকৗ লৈয়েং [illegible]ল্লবা,
শৈরোঙ্গ শৈশক স্নুবা লৈগী মিংফম ছুব্রবা
তান্ন তান্ন অনীনা নঙ্গী শৈরাংজরবা,
ফজ নঙ্গী মফজ ভুল্লমগদ্রা থাজবা !
ফজৈদকো ফজনি ফজজবা ইতালোয়,
ফজ নঙ্গী মফজ করি মফজনোনে !
ফজরঙ্গি থন্দে 'স্নুক ইন্দ্রই তালোয় শকহেনবা,
শিবই তালোয় নীংথিবা ভমা মনা চা[illegible] [illegible] !

মালেম লৈকোয়পুংসিদা ফজা করা [illegible] —
শানান্নবা ভাক্তনি স্নুক্লা নঙ্গী নপিজা !
থরো থম্বাল থারিকথা হেঞ্জরিদো লাইজকোল,
যাতি যুতি মালতি ভাঞ্জরিদো লৈগী কোল।
হেঞ্জ মানা শায়োন তৌ নৌজ মানা লাংলোল তম
শাচ্চরিবা য়েংও লাউ মালেম পুংদা লৈশাৎ তম
থকচহোরো নীংথিবা নমিৎ থুম্ন ননীং তম

য়েংজহৌরো নীংথিবি নীংথি নঙ্গী নশক্তম !
নৌজৈদকো নৌজবি নৌজজবী ইতালোয়,
নৌজ নঙ্গী মনৌজ করি মনৌজনোনে !
লাইগী লৈরাং পারিজাত নৌরমগনি থুন্দে 'স্নুক,
লৈশাৎ তমথৈ লৈরাংনা হেন্নমগনি নীংদে'স্নুক।

লৈরি অতৈ কয়াম্বু রাত্তে ফজ নশাগৈ—
শীঁঙেল-শন্নাংনজবী লমজাউ ওংবী উরীরে,
কৌব লোম্মায় হেঞ্জবী চীঙ্গী থম্বাল উথম্বাল,
থাংজ্রীং চীঙ্গোল ঙাঞ্জবী মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল,
শেঞ্জীং চীংমায় ওংজবী চীঙ্গী লৈহাউ চীংথরাউ
কাঞ্চী লৈহাউ লৈস্নুংশি সোন্নরিবা লৈবাক ফাউ
শাৎলুরিবা নাথৈনা শীঁঙেঙ্গিংনা তাম্ন তাম
থঞ্জে নংবু ইকাইজ থৈখিবনি অস্নুক তাম।
নীংথিদকো নীংথিবি নীংথিজবী ইতালোয়
নীংথি নঙ্গী মনীংথি করি মনীংথিনোনে !
তিলোত্তমা নীংথিবী নীংথিরম্নি থন্দে 'স্নুক
ফজ মপোক উর্ব্বশী ফজরম্নি নীংদে 'স্নুক।

নীংথি নংবু য়েংউনে শাথেক নঙ্গী উরীরে—
মালং তাম্বা পোইরৈ য়েং জগোয়রিবা লৈনা লৈ
থেরু খোয়না লৈস্নুংশি তলা স্নুংশি উকা য়াল

নীংথিন্নিবা কয়াদ লমজাউ লমখৈ লোইনা ঙাল
কজ মাগী লোয়িনবা মিৎকম খুদিং লোইনা শুম
সাজরিবা থেক্ক খোয় শীঁঙেল শম্নাং হাইনা হুম।
অমুকস্ত য়েংউনে লাঙ্গোই য়াচু মানবা লৈ
কৌব চীঙ্গী চীংলাইপক মদোম চিপক ঙানবা লৈ,
কোলোয় মাগী উথম্বাল— লোইবি লোক্ত মমি উ
মর্দোম শক্ত মদোম মুন হাইনা হুম্ন পুক্নীং হূ
হুংগাউজরি মঙলাল মঙ্‌ — শীঁঙেল মাগী শক্তম পু
নীংলিবোইদো উমানা শিব শায়োল কৌবরু !
( কয়া নীংথিজরিবা যোগ মপাউ চেল্লিবা
মঙলান্নবা তাইবংদা শান্তি লম্বী নীংথিবা ! )

হম্লক্ল্‌ক্তি ওল্লুনে থাংজীং চীঙোল মায়গৈ পাং
উত্রা লৈসে আদগী শাচ্চরিবা উকা তাং
মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল কদাম্বদি লৈহুংশি
কোলোয়নৈদো রাক্মনা লৈরাং মাবু লৈহুংশি !
সনা পূষ্মি লৈরাংদা লৈয়োল খেমজি কাপ্লিবা
ফজ্ঞ নঙবু য়েংউনে কয়া নীংথিজরিবা !
নত্তে নত্তে লৈরাংসে চুন্ন অস্তম নীংথিবা—
চেক্র ওইবা নোংবান্ন কালেল খুদিং লাক্লিবা
মহাকথংনি লৈরাংগী— ঙাঙোই লৈমা শক্তম্নি।
শামান্নবী ঙাক্তনি হেঞ্জ নঙ্গী চেংলোনি !

হেঙৈদকো হেঙবি হেঙজবী ইতালোয়,
হেঙ নঙ্গী মহেঙ করি মহেঙনোনে !
শীঁঙেল পোম্ব পোম্বুদা লৈরাং তোমশাংনজবী
হেঙ মাগী মঙান্দুম তাব্র খঙদে হেঙবি !

অরাবনি থম্বিরা হুঙাইবনি লৌসিন্না
লাক্লি রাখল মমি 'ম ফজ নংবু তাবরা !
লৈপাম্বানা লোইবরাই হেঙরিবা লৈরাংশিং
কমগনিদো লৈমল চল মতম মানা তম্ল শীং !
লৈশাত্তবু তম্লবা লৈরোই পাউজেল ফংনৈদো
"লৈচু ওল্লো লৈরাংশা !" মতম মানা চৈথাইদো !
শীঁঙেল মানা হেঙবা নোংমত্তনি নোংমত্ত
ঙমজদেদো করিহুং লৈথজবা নোংমত্ত !
উনখা চেনবা থূবাংগা মতম মাগী তমথিবা
হিংদে কনা কদৌহুং শোক্লবদা হূপ্পবা !
'হুবু নঙ্গী কাদদি মায়থী ফিরুক থুম্মেদো
তৌঙমদবা লৈত্রবা তমথিরবা মতমদো !

নোংম লৈপাম্বাদনি ফজ নউ লিংথিবা,
কুমওল কুমশিং থাঙমদ্রে কুম্লাং মানা কুমওনবা !
কম্লক চাউবা চায়সিরা তমথিববু কৌসিরা,
খঙদে মাগী মতৌসে ফজ নংবু তাবরা,

য়েংশিল্লকপা নঙ্গী কা নোংমতবু লেপ্তুদো,
নোংমই রাদি থমখিসি মিকুপ 'মফাও তোক্তুদো —
( ওঃ কল্লিদা নথম্মোই মতম কৌবা চৈথাবা
সিনা ওইরে নহাকপু কৌনরিবা তমথিবা ! )
চিকচৈ মানা কদৌনি, লৈরাংদবু ঙম্বনি
মমায় মাগী খুরেদো— থীনা মায়খুরবনি !
চিক্লে চিক্লে মফকৈ ফজ নঙ্গী মফজ,
ওল্লে লৈচু মহেক্কৈ হেঞ্জ নঙ্গী মহেঞ্জ !
নীংথিদকো নীংথিবি নীংথিজবী ইতালোয়,
নীংথি নঙ্গী মনীংথি করি মনীংথিনোনে !
লৈশাং তমডৈ মদোম তম লৈরম সুনা হেনখিবী
নীংথি মাগী মঙান্দো তাবা তাইদা নীংথিবি !

মেরা থাদা লৈশাং তম শাথজবা থম্বাল উ
চাইদো লিক্লা মতম্ন ফুইনা ফুইনা মাগী হু
"কম্মো লোইরে লৈপাম্বা !" ফজ মাগী ফজমল
লৈতেং ওইনি লৈরাং কা চোপ্পে মাগী থঙদমল
লিক্লা ফুর-ফুরগা অম্সুম অম্সুম নৌথরক
কোলোয়নক্তে লৈহুংশি চেংলে মাগী হুংশিরক !
নিন্দূং তিয়া ঙানবা থা মেরা থাগী মাকমৈদা
ঈংনা চীক্ল থম্মোই খোল নোংঙাল্লমদাই মতমদা —
থঙদে কল্লকপনরা থাজ মাগী মহেঞ্জ

নক্রে য়েংথিবনরা ঈংজ্ঞ মাগী মঈংজ্ঞ
থুম্বি ফিরুক নোংফাইগী মতম মানা তমথিবা,
মবোল অমুক লৈচিলগী পেন্দমাম্লে শাথিবা —
নোংফাই চার-চারগা রাশি অম্লুম হেঙ্গৎলক
লৈচিল থাংল-থাংলগা চেংলৌ অম্লুম হুংশিরক
নিন্দুং থাজ থাম্নুংশি কৌনৈ তাইবং পৃম্বনা,
মেরা থাগী থাম্নুংশি শক্লে রাম্ল খিবিক্ল !
অসিনিদো ফজবি ঙসি নঙ্গী মফজ,
অসিনিদো হেঞ্জবি ঙসি নঙ্গী মহেঞ্জ !
লৈপাক্লাগী কুমজিন্দ লৈশাং তম্বী লৈরাংদো
ফজজনা পোকচমল অতুম মফজক্লেদো !
কুম্লাই ওংবী লৈরাংম্ল অতুমঙাই ফক্লেদো—
কুমজিনগীনা খেংক্লদো কুম্লোইগীনা ঈংক্লেদো।
অবাবগী শৈশক্ত থম্মোই গানা লুপচৈদো,
হবাউ শৈরেবং তারগা পুক্লৌং মানা লাঙক্লেদো।
খেংনা ফজ মফজ শমু মিংকৌ কুম্মৈনি,
পুক্লৌং মাগী হেন্দোনি — পুঙ্গোয় খরদগীনি।
ঈংনা ফজ মফজ থম্মোই মাগী থম্মোইনি,
থরায় মাগী থরায়নি — পুন্সিগীনা অমৃতনি !
অসিনিদো ফজবি ফজ নঙ্গী মফজ,
অসিনিদো হেঞ্জবি হেঞ্জ নঙ্গী মহেঞ্জ।

ফজৈদকো ফজবি ফজজবী ইতালোয়,
ফজ নঙ্গী মফজ করি মফজনোনে !

ফজ নঙ্গী ফজ উ মুম্ন মুন্ন অসুম য়েং
রাহং অমা ফাওরকথি অসুম অসুম চিংনা য়েং—
কনানোনে মুজাসে ঐগা তালোয়নরিবা
করি অসুক চেংলোনা মাগী নীংথিজরিবা !
তাল্লুদেনে পাউথুম থক থুম্বিনিঙাই লৈত্রবা,
থুপথি অতুম রাহংদো থম্মোইকোম্দ থুপ্লবা—
তাকচদরা কোংগোন্ন তুমিন অতুম লাইজকোল,
মুচ্চদরা মাল'না তুমিন অতুম কোরৌকোল !
ফজ নংবু তাবরা থংলেল ঐগী ইপাউথোল,
তমগে তাউনে ফজবি মঙলাল 'মগী মপাউথোল—

"নোংম কৌবা নোংগী ম্নানি নোংজা ইচিক হুল্লে,
জীবজগৎ লোইনা তুমথি অচিকপনা পাল্লে !
নোংফাইলক্ত হেল্লি থাজ চিক্ক নোংজা তিযা,
হীরা মকুপ ইরং ইরং চাইরি লৈদা তিয়া !
তুমিন তুমিন থরান পরেং পুরি মৈরা থোগল
নিঁনিঁনরি কৌজেং হারৌ চঁঙি থম্মিন থোগল !
হূরি পুক্নীং শুম্মি থম্মোই ইচিক্নবা নোংজা,
লাংই ঈথৌ থঙদে করি ঙসি কৌবা নোংজা !

থমক্কৈ মিৎফম থাক্ক কাদা য়েংক্কৈ চিংনা অস্থুম
থকচৈ নোংইন থাক্ক 'মৃত পেন্দে থকচৈ অহুম !
মুনখি থরায় মঙ্খি মঙলাল মঙ্খি মঙলোল অমা —
লৌরকপগুম তৌখি থাক্ক স্থুজা শক্তম অমা !
য়েংখি ঙক্ক অস্থুম ফজ উখি নঙ্গী শক্তম,
তরু তরু তহেন তহেন তগুপ তরেং 'ঙান অম ।
ঙক্ক ঙকখি য়েংখি ঙক্ক ওনখি তন্ন শক্তম,
কনাগীনো হন্দক্বানা য়েংখি মুন্ন শকফম ।
ময়েক তন্ন শেংজরকখি তপ্প তপ্প অস্থুম
তরু তরু তরং তরং তঙান তঙান অস্থুম !
হৌখি থংহৌ পিগী ঈহৌ উখি পলেম চেংলৌ
শেংখি মথোঙ মিৎকী পিনা কৌখি ইমা থংগৌ !
তাখিবগুম তৌখি তন্ন স্থুংশি সোর 'মতুং
"মিংথৈয়াম্বী নমা ঐনি থঙজৈ মিংথৈ 'নীদং,
মিংথৈ 'মনা কৌই ইমা অমুক 'মনা তালোয় ।"

---

# নংসে নুপি ইমানি ইমা

নুপি,

থঙজবরা নহাকপো

নশাগী নশক,

নশাগী কোলোয় !

ইমানি ইমা,

ইমানি ইমা !

মানি নংসে নুপি

মপু মাগী মণ্ডলাল,

মণ্ডলাল মশামক

তাইবংদা থোকপা— নূগী ভোঁগী হকচা দা !

নত্তে নংদি নুপি,

অশৈবগী মণ্ডলাল

স্নরদা পানবা— হাইরপ মমিদ তাবা !

লাইয়েকপগী

লৈয়িদা তাবা— হাইরপ মমিদ লাকপা !

শৈরেংবগী

শৈরেংদা তন্ব— হাইরপ মমিদ ফাওব !

নত্তে' নংদি মমি
.অতৈসিগী মতম—
মঙলাল মশামক্তি মশামক,
মঙলাল মশামক্তি মশামক—
মপু মাগী মঙলাল,
মঙলাল মশামক
তাইবংদা ফাওবা—লুঁগী তোঁগী হকচাংদা !

মানি মপু মাদি
মঙলালগী মশক ;
মানি হুপি নংনা
মঙলাল মাগী মঙলাল !
থারুগনি করম
রাক্ম কনা শৈশকপা
হুপি নঙ্গী নত্তিক নগুণ !
শক্রুগনি করম
মঙলাল মাগী মঙলাল !
শক্কে 'হুবু ঙসি কৌবা নোংসিদি
রাক্ম ঐবু শৈরোম্বা
হুপি নঙ্গী নত্তিক নগুণ—
নহাকী নশক

নহাক্কী কোলোয়
মৈনা রায় ভাংনা শম !

মপু মানা এহ্লোইঙৈ
য়াওল তমগে থোৌরাংঙৈ
মখি মঙলাল হীরি কোল,
তাখি মিৎয়েং থম্মোইকোল !
লৈগী কোন্দ লৈশিংনা হেক্লবগুম লৈশাৎ তম,
হৈগী কোন্দ হৈশিংনা নৌজবগুম হৈপাল তম্,
উখি গুণগী মপৈনা ঙাজরম্ব মঙাল তম !

শীঁঙেল পোম্ব, পোমজদা লৈরাং লৈশাৎ তম্ফবী,
তাউজিং তম্ব, তমজদা হৈরাং হৈপাল তম্ফবী ;
হৈরম শুনা পানভম্বী,
লৈরম শুনা শাৎভম্বী,
তাইবং মৈরিং শীংওইবী
তাইবং লিচুই ওইফবী
য়াশিনা থোগাই পুজবী
শুন্ন লালুপ কাজবী
চেংলৌ শকুম সুংওনবী
সুজা লৈরাং শকহেনবী
খল্লুরবোই সেম্মগে মপু মাগী উনগোইহুং

ফজবগী ফজ
লূজবগী লূজ
হেঞ্জবগী হেঞ্জ
নৌজবগী নৌজ
মেঙজবগী মেঙজ
খোচ্চবগী খোচ্চ
ঈংজবগী ঈংজ
নীংথিবগী নীংথি
হুংশিবগী হুংশি
নীংজবগী নীংজ
শেংজবগী শেংজ
মপু মাগী থম্মোইগী গুণ
অরৈবা অনৌবা অপূম্ব গুণ
লোইনা অথোক লোইনা তিল
কিরুরবোই নৌমল্লে অমুক তন্ন থম্মোইনুং—
লৈরাংনা লেপ্সি কদায় লেপঙমদ
শীঁঙেন্ন য়ুংসি কদায় য়ুংঙমদ
থুক্রুরবোই রারনি হুজা ওইবী পুন্সিনুং
থাঙহৈবগী থাঙহৈ
পুহৈবগী পুহৈ
থাহৈবগী থাহৈ
পীহৈবগী পীহৈ

য়োয়হৈবগী য়োয়হৈ
নোঙ্গৈবগী নোঙ্গৈ
মপু মাগী থম্মোইগী গুণ
অরৈবা অহকপা অপুম্ব গুণ
লোইনা তাথোক লোইনা য়াল--
মঙথখি মঙলাল মঙলাল'মা
মখি মঙলোল মঙলান্দ ;
মঙলোল মঙলোল অসুম মঙ
অসুম অসুম মঙলোল মঙ
উথি সুংদা শক্তম 'মা -
নৈরাং মানা হেক্তে - মহেক্তে শক্তম মানা মহেক্তে
তাউজিং মানা নৌক্তে— মনৌক্তে চেংলে মানা মনৌক্তে .
পেঙখিদো উবদা মঙলাল মানা উনগোইচুং—
"শানৌ নংবু হেঞরো,
মালংপান্দ ঙাঞরো,
মালং নোংলম সেম্মো লাউ
তমগে কোলোয় নঙী ইমা !"
মপু মানা চীজোইডে হেনখিবনি চুপি নং,
চানখিবনি মালংদা !

চুপি,
পোকখিবনি নহাক্নে এক্লো ইমুং ঙানবদা ;

নত্তে

ঙানখিবনি ইন্নুংদো হুজ্জা নংনা হেনবদা
শানৌ নঙ্গী শউম ফং পুক্কৌং তুজুং হেন্নৌ কা
তমখিবনি মতম্মা য়াওল খোঙফম নৌহৌনা ;
পোকখিবনি হুমিথ্বা !
হুরা নশেক নঙান্না থোকখিবনি তিয়াদা
থরাম্মিচাক পরেং পরেং—
লেংখিবনি মণি পরেং
তগুপ তগুপ তরেং তরেং !
মোম্নু নচু নমেন্না
লৈলম শুনা লৈশাং তম শাংখিবনি লৈশাংশিং
হৈবম শুনা তৈপাল তম পানখিবনি হৈরাশিং !
মুন্নু নঙ্গী সোরনা
য়েনখিবনি লৈরাংদা,
হাপখিবনি হৈরাংদা
হৈনম লৈনম হুংশিবা !
নত্থু কাইনা লিশিংনা ওইখিবনি মাঁঙ্গেমদা
তলা পামেল পরেং পরেং
হেঞ্জরিবা চাউদম রাংদম,
তলা মাগী উকা য়াল নৌজরিবা উন্নীশিং !
নঙ্গী খোৎম্র খোম্থাংনা পোকখিবনি উকোম্নুং
হরাউখোল্লোয় শৈশকপা চেক্লাক্লোন্দা চেক্লাশিং !

নঙ্গী শাওং শাথেক্লা থোকখিবনি চীঙ্গোম্নুং
হেন্দৌ হেরাউ খোশাবা য়ারোকোম্দা য়ারোশিং !
নঙ্গী হুমাং মরীক্লা ওইখিবনি জীবশিং—
কৌজেং কৌয়া মালংপাল, লাইজকোলগী লেম্লেশিং !
পোকখিবনি নরাক্লা লেংই-পাল্লি অপুম্বা,
অচৌ, পিশক খিবিক্লা অচচ্চত্ত লোইনবা !

কংলৈপুংদা তম্না কূম লূগী তোংগী হকচাংদা
পলেম চাম্ম শায়োন তৌ যুগ যুগ থুদিংদা
পারি নমোম খোম্লাং ইন কংলৈ থোঙজীল য়ৈনা য়ৈ
ঙানখিবনি হুপি নং নমু তাইবং মীরাকোল
ঙাঙবগুম নহাক্লা কোরৌ রাংলৈ খম্নুংকোল
শক্তিক থবা হুমিথা থরান শাগৈ য়ৈনা য়ৈ !

হুপি,
মঙলাল ওইবা মপু মাগী নিংথিজবী মঙলাল,
খঙলবরা নহাকপো ঙসি কৌবা নোংসিদি
নশাগী নশক,
নশাগী কোলোয় !

মানি নংসে হুপি,
ইমানি ইমা,
ইমানি ইমা !

# খঙনা খঙনা অদুবু কুইর-কুইর মমম্মি

শক্তম অমা,
শক্তম অমা—
হুজা ওইবী শক্তম্মি,
নুগী তোঁগী হকচাংনি।
হুজা মাগী খোয়জি লাং মালেম খোঙদারকপনি,
পুন্সি এল্লো ইহুংদা চেংলো শকখঙজবনি।

নূজৈ লেমজৈ শক্তমদো,
হেজৈ ফজৈ চেংলোদো—
পেন্দ্রিদ থম্মোই ঐহাক্কী পাউদম,
তাত্রিদ মমি হুজাগী শক্তম—
নুজবনা হেনখিদ নুজরবা শক্তমদো,
লেমজবনা থোইখিদ লেমজরবা চেংলোদো।
নাউবা ওইবা লৈয়েংনা খৎপনিদ হৈরবা,
নাউরা ওইবা মিংফম্না ফজ তক্না খঙলবা
শক্রমগনি খোম্বাং হাপ—
ইহুং ঈরা ইপাল লোক লাইজনিদ ঈফুজ
মঙাল লংলম তরেংনা সনালোক্ত সাবা ফি
মশেক মচু তরেৎনা তগুপ ফিমায় হৎপা ফি
মঙাল সনা ফিগেনা সনা হকচাং লৈতেংজ

হেঞ্জবগুম চীঙ্খৈনা সনালোক্কী লোকচীন্দ  
"করি কিবা ইমা লৈ" মোমোন্নবা থূবাং উং—  
হেঙৈ ফজে চেংলোদো হুজা ওইবী শক্তমদো—  
শক্লমগনি খোম্বাং হাপ।

থাশিরমদাই অহিংনা নোংঙাল্লমদাই মতমদা  
মুশিনবা লৈচিন্দা মুথাংনবা নোংঙ্কাই ফেল  
নিন্‌ফুংনবা থাবল কাপ ঈর' কোঁগোল ফিজিল চেল—  
নোংচুপ চীঙ্গী চীঙোম্নুং লুপারোক্তা সাবা ফি  
কত্রং ফিমু অহেনবা লৈমনিংথৌ নমথাং ফি  
শমু নমদা তম্ন থোং লুরেল কোক্তি তম্ন থুম,  
চীকচবগুম নোংজানা মালেম য়াইফ হীরি কোল  
লাকদোবা ইন্নুংগী থাজরোক্কী লোকচীন্দ  
তূমথুল্লিবা মচাশিং চেৎনা কোঞ্জ থান্নুংদা  
চীকচৈ লেমজে শক্তমদো হুজাওইবী চেংলোদো  
শক্লমগনি খোম্বাং হাপ।

ভারত কংলৈ মগুংলাং খোম্লাং লাইজ তরং হৌ  
ঈচেল তুফাং ঈকাম্না মায়গৈ ফিশেংনরিবী  
নন্দাদেবী চীংন্নুংশি হিম মমোম শক্হেনবী  
হেঞ্জবগুম চীঙ্গী কোল সনা ঈরী ঈপোম হৌ  
ফজজজে শক্তমদো হুজা ওইবী চেংলোদো  
শক্লমগনি খোম্বাং হাপ।

এহেল্লৌ ইস্নুং ঙানবদই অরা কোকথোং লুদা থোং
অনং পোচ্চাউ নমদা পো অরা খোঙফম্নরকপী
বুংজা থুদিং মহেল্লৌনা ভাউজিং হৈরাং হৈহোঙবী
শীঙেল লৈরাং লৈহোংবা চৌন্দম ফোরাং ফোদম্বী
মশাই ঈরা ঈথাই তম মালেম লৈকোয় চাকহোঙবী
মালেম লৈগুম নৌজবী অরা মৈশা থোংনা থোং
না থিজবৈ চেংলৌদো নুজা ওইবী শক্তমদো
শক্রমগনি থোন্থাং হাপ।

য়েংজৈ নাউবা ওইবা মিং চিংনা চিংনা ইঙক ঙক
নুজা ওইবা চেংলৌদো নাংশিজবা শক্তমদো—
শক্রোল মরোল অম্নুম উ মুগ্না মুগ্না অম্নুম য়েং
নীংশিবদৈ না থিবা ঙকপদগী ঙক্লবা
থুক্রুরব্রা ইথম্মোয়, মুঙাইরুব্রা ইবুক্তো—
থঙদে করি হায়সিবা কৈদগীনি খল্লিবা
অম্নুম অম্নুম পেজবক চিংনা চিংনা অম্নুম য়েং
কপচৈ হঙা মিপাইরক নক্রে মুঙাই ঈহৌরক।

"ইমানি ইমা -"
"ইমানিনে ইমানি পারি নংবু চাউদ্রিবা,
করিদোবা কনানা ইমাইবুঙো হুংশিংবা!"

কোনবি চেজেৎ থান্নুংদা "ইমা লৈনা ইমা লৈ!"
কোলোয় মুংশি মপাক্ত তা লুমজৈ ঐগী ইমা লৈ
খঙজৈ মুজা মহাক্তো ঐবু পোকপী ইমানি—
খঙনা খঙনা অত্থবু কুইর-কুইর মমন্মি।

---

# খঁঙ্‌দ্রে ইমা মণিপুর নুংশি নশক্তম

খঁঙ্‌দ্রে ইমা মণিপুর নুংশি নশক্তম,,
রারোল্ল পলেম নপারিদা তোল্লবনি ঐ!
সোল্লনি ইমা নুংশি কোলোয় খঙলে নচা ঐ,
লাংলনি ইমা থম্মোইনুংদা নুংশি নশক্তম !

খল্লুরে ইমা নংবু লাম্না লাম্না খল্লুইদো,
কোন্নিদো লৈগী লৈশ্লীবিনা রানা সেমজবা !
ইরমদম্নিদো নুংশিজনা ঐনা থঞ্জবা.
খল্লুরে ইমা নংবু লান্না লান্না খল্লুইদো !

লুগী তোঁগী চকচাংদা নুংশি কোলোয় অমা থোল
"ইমাইবুঙো নুংশিবা" পলেম নংনা শেল্লিরৈ,
কোযনা কোযনা শেন্নবি থৌজাল তত্ত লাংলিরৈ
খঙ্‌দ্রকো শায়োন্নি—থৌজাল নঙ্গী নশায়োল !

যমুনাগী চাংজৌদা পানীঘাটকী তোরৈনুং
লিক্লাং মতম চোইনা তা পলেম নংনা থুপখিরৈ,
লৈরাং মতম লৈকেঞ্জ ইমা নংনা মাঙ্খিরৈ
লোইবে হন্দক্লিমগী কপচরুইদো থম্মোয়নুং।

হল্লরোইদ কদোগুং মণিপুর লৈকোয়দা
ফনা নুংশি কদোনি প.লম মাদি লৈতনা—
পলেম কায়নমৈশা লাং খল্ল্ ই নুংদা নচানা
পলেম নংবু রারোমু মিরায়রুরে খঙ্ দ।

খঙে ইমা ঙসিদি নুংশি নঙ্গী নশক্তম—
যুগ যুগ খুদিংদা পলেম চাম্ম শায়োনবি
কংলৈ থোঙজিল য়ৈনা পারি নমোম খোল্লাংবি
খঙে ইমা নহাক্লি—খঙে নুংশি নশক্তম!

নুংশি চেংলৌ নশক্তম লাচ্চরনি লকানুং
শকচবনি নথোজাল শৈরেংনিদ পরেং লেং!
কোলোয় মিংলেল নুংশিবা সোঞ্জরনি থম্মোই .শং,
মমজররোই নচা ঐ কদোগুংদা করিনুং!

খঙে ইমা ঙসিদি পলেম নঙ্গী নশক্তম—
লুগী তৌগী হকচাংদা কোলোয় মিংলেল অমা থোল
শেনবিরম্বা ঐহাকপু মথানুংদা চেৎনা কোল
ইমা নংনি মণিপুর নুংশি ঐগী ইরমদম!

---

# খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং

খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

পীনরে হকচাং নহাক্কী লৈরীক,
চেহ্নলনবিরে ঈ নহাক্কী ঈরীক—
খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

সুংশিৎনা নঙ্গী হাপ্পিরে থরায়
নহাক্না নঙ্গা পীনরে ইয়াই—
খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

নচাক্নি নঙ্গী লূববা পাঙ্গল,
ননাৎনি নঙ্গা শেংলবা ইরল—
খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

যুগ যুগ খুদিং পলেম চাম্ম শায়োনবি,
কংলৈ থোঙজিল য়ৈনা পারি নমোম খোম্লাংবি,

থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান !

তোল্লবা ঐনি তারবা নচা,
খঙদবা ইমা ওক্তবা নচা।
পাঙমদ্রে ইমা পীনবা থোংগাই,
চায়খরে ইমা কোরৌস্ু মরায়।
ঙম্মরোই শিংবা খোম্লাংগী মমল,
ঙম্মরোই লোইবা ইমাগী লম্মম।
কপ্পদ থংলে হৌজিক্তি থরায়
মাঙ্খিদ পাম্মুই পুন্সিসে তরাই।
শেংজরি নখোঙ শেংলবা পিনা
বচ্চরি থরায় লঙলবা থীনা।
কৌবদাই নংবু থাঙহৈবী ইমা,
চাঞ্জবী নচা পুকফবী ইমা।
কোকপিয়ু ইমা নচাগী ইরল
কুবিয়ু ইমা নচাদা থৌজাল।
থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান !

লোইনৈদো লৈনা লৈখোংদা অহুম,
কেন্নৈদো হৈনা হৈখোঙদা অহুম।

শৈরেং

কেঙ্গুগে ঐস্নু নখোঙদা ইমা,
শকচগে কাবা অথেলপোংলম্মা।
থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং
শকচরি পালেম নঙ্গী জয়গান।

# লোরো ইমা নচাগী শিন্থরিবা মিংকো পি

হুংশিদ ইমা কংলৈপূং,
পলেম ঐগী অপোকপি !
চীংদা যেংউই মংংশি,
তম্‌দা য়েংই মন্থংশি,
নতু তুবুম খুদিংদা
তাজেনে থয়ায় অপোকপি !

লোইবি শন্নাং খোইখোইবা শাংথ লেংথ চোইনা তা,
মালং কাইদ শহুম লাং শংবান চরৈ কোমগোম তা,
লাইজ তরং খোন্নাং হৌ হাচং থাথুম চোৎনা তা,
মালং নিংশা চিংন-চিং মাযগৈ বারল মিয়েং তা,
পারি কনা মশুংলাং পীবুক হুংহৌনরিবা,
নমোম কনা মহাকথং পায়মা হুংজেংনরিবা—
হুংশিদ ইমা ক লৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি !

যুগ যুগ খুদিংদা পলেম চাম্ম শায়োন তৌ,
কংলৈ য়ুমথোং খুদিংদা মাঙশোক খুদা লেম্না লৌ,
পারি নমোম খোন্নাংডৈ খোন্নাং থাশেৎনরম্বা
পারি কনা নীংসংউ নোংদম থীবা য়াইথীবা

নংগোম কনা খম্বরু নোংদমথীবী য়াইংনীবী
খোম্লাং তরং হৌরিবা পলেম ঐগী হুংশিবী—
হুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি !

শকনৌঁভিদ নচানা পলেম নঙ্গী মিংথৈরোল—
খম্মিন পেনা থাদা খোং
শমু য়েংনা চৈজিং খিং
ওয়না চৈজিং পোইবৈ য়েং
পুংলোম্নিদ তম হাপ
হাদ সনাপূঁভয়োল পলেম ঐগী অপোকপি—
খঞ্জনৌঁভিদ নচানা পলেম নঙ্গী য়াকায়রোল !
হুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি !

থাংজীং চীঙ্গী চীঙ্গোল ওং চীংশাং নাপোম য়াহিপ্পী
লোইবি চীঙ্গী মিংথৈ তাং 'চীংহুং' কোলোয়নজবী
হারি কৌবী চেক্লানা তলা পামেল উরাং কোল
তমজবগুম পম্বী কা খোঁঙাই অরা মপাউখোল
তমজনৌঁভি পলেম কা থম্মোই মাগী মপাউখোল—
শবচনৌঁভিদ নচানা পলেম নঙ্গী নপাউখোল !
হুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি !

পামেল উশা খিবিক্লা ঙাঙ্ৰা য়েন্নীং ছল্লকপা,
শীঁঙেল লৈকা পূম্বনা তঙাং লৈশাং তল্লকপা,
ঙাঙোই লৈমা মমি তা কৌজবগুম চেক্লানা
কোলোয় মাগী পিথাদোই নুংশি ঈচেল নৌহৌনা
থাদোই থাদোই পিথাদোই নুংশি মঙলাল মঙলোল মঙ
শৈরাংনীঁঙিদ নচানা পলেম নঙ্গী থোগল চঙ—
নুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি!

য়াইফখিদ মৈদিংগোল শৈরাং থোগল ফংখিবা—
পেনা লুরেল থাদা থোং
নুংশি খোল্লোয় মেঁঙবা,
চৈজিং মনীং তোঁনা খিং
মরোল থম্মোই খোল্লবা
"কংলৈ সনাপূঁঙয়োল হাদ পলেম নুংশিবী"
পলেম নঙ্গী মিংথৈরোল শকচখিবা খুৎমাবা
য়াইফখিদ য়াইফখি কল্লকইদ অপোকপি!

থোক্রে ইমা নচাই কা নোংদম থীবা য়াইথীবা—
থুপগ্রে পেনা নুংশিখোল
লোংগ্রে চৈজিং শরিকখোল—
লাচ্চবদ মঙায়রে নুংশি চেংলৌ নশক্তম

মিংকী পিনা নখোঙ চাম থম্মোইনুংদা থুপ্না থম—
থম্মোই মানা লুপচবা লুপথ্রসনু থম্মোইনুং
পুক্নাং মানা তাজবা লোংথ্রসনু লকানুং—
নোংদমথীবা নচানি কদৌরুনি অপোকপি !

লৈনুং ঈরোক ওংজবা লাইজ ঈচেল অপিখক
থোংনু নুংথোঙ হাংডমদ কোয়ঙাওননা ঈরোক্নুং
ঈচেল মাগী পুন্সি চুপ লৈজবগুম কোয়রৈ লৈ
পালেম নুংশি ঈচেন্সে থম্মোইনুংগী অপিখক
থম্মোই নুংথোঙ হাংডমদ কোয়ঙাওননা থম্মোইনুং
ঈপাল শোন্না পোকচরু লৈবা তারে কোযরৈ লৈ—
শকচনীংঙুই কদৌনি য়াইথি ঐনি অপোকপি !

ঈথিল ইপাল নৌরবা থম্মোই ঈরোক ওংজবা
পলেম-নুংশি-ঈচেন্সে ফুদোকচবা ঙমদ্রবা
লৈরসনু কোয়রৈ লৈ কোয়ঙাওননা ঈরোক্নুং
চোংলসনু লৈনা লৈ তৎপা লৈত পুন্সিনুং
লাইজ ইপাল ফনবা হয়েংমুক্কী মপোক্তা
ঈচেন্নবা ঈথোঙ হাং লৈকোয় থুংনা মালেমদা—
পীনৌ থৌজাল নচাদা পালেম ঐগী অপোকপি !

শক্লমদরে হন্দক্তি পলেম নুংশি মিংখৈরোল,
রাম্লৈাগনু অপোকপি খল্লমদরে য়াকায়রোল
লাংলম্লগে হন্দক্তি মিৎকী পিরিক পরেং লেং—
শিংলম্লগে খোম্লাংমল
কৎলম্লগে চানবিমল
মিৎকী পিনা ভম্ফা শক থম্মোই শোক্লা পরেং লেং!
লৌবিয়ুনে চাম্মশক পিরিক্লনা খোম্লাংমল
শকচিনবিয়ু লিশিং চিং পিরাং'মনা নুংশিমল
নুংশিবী ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপি!

লৌরো ইমা নচাগী শিন্থরিবা মিৎকী পি!

---

# জৈ মা নঙ্গী জৈ

জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

নত্তে ইমা ঐদি অশৈবা—
থোংদ্রি থাদা পেনা কদোনুং
চিংদ্রি চৈজিং 'মুক্ত করিনুং—
নত্তে ইমা ঐদি অশৈবা !

অশৈফমদা নঙ্গী গুণলৈবা
রাক্তে খঁভি ইমা শৈরাংবা—
হারি তান্না কয়া'মা
কাংঙা থংগোং কোঙ্গায়'মা
খোইমু কোকিল লখা'মা—
লৈদো ইমা নঙ্গী থৌগনবা !

শক্কে 'হুবু ঙসিদি
ঙসি কৌবা নোংসিদি
নাউরা মতম ইমা কৌ
তোয়না তোয়না পেন্না কৌ—

হাদ পলেম হুংশিবি,
পলেম নঙবু অপোকপি,
ভারত লৈমা পুকফবি,
জৈ মা ভারত
জৈ মা নঙ্গী জৈ।

এহেলো খোঞ্জেন্না অহানবা ঈথরুখিবি,
এহেলো ইন্নুংনা অহানবা ঙাণ্ড্রানখিবি,
য়াইফরোন্না উমং নঙ্গী খোন্থাংনখিবি,
নঙ্গী মালেম গুণ্ণা লৈকোয় থুংনা ঙানখিবি,
জৈ মা ভারত
জৈ মা নঙ্গী জৈ!

চৎলু সেবাধর্ম্ম—সেবাগীনি পুন্সি,
কাউনু সেবাধর্ম্ম—মহৈ য়ান্নি পুন্সি—
ইমা নঙ্গী দীক্ষামন্ত্রনি।

থাখি পুরু থরায পোন্থা
বিতস্তাগী লানফমদা;
থাখি পৃথ্বী থরায় পোন্থা
তিরৌরীগী লানফমদা;

থাখি সিরাজ থরায পোন্থা
পলাশীগী লানফমদা ;
থাখি লক্ষ্মী থরায় পোন্থা
গ্বালিয়রগী লানফমদা—
ইমা নঙ্গী সেবাগী ভাক্তি !

ইমা অরাবনি অরাবা
খল্লু বদা তুজুংবা—
চহী কুমজা চনীনি,
ইমা নঙনা নাইওইবা !
চহী কুমজা চনীনি,
ইমা নঙবু কাউরুবা !

কপখি ইমা নচা মুকুন্দ—
থাখি সাধক থরায় পোন্থা,
য়েনখি জ্ঞান মহাক্কী 'কর্মক্ষেত্র',
হাপখি প্রেম মহাক্কী 'শ্যামা পূজা'—
নীংসংনখি 'মা নঙ্গী দীক্ষামন্ত্র
কৎনখিদো ইমা নঙোন্দা পূজা !
ভগৎ ক্ষুদি সুভাস—নচা কয়া কয়!

কৎখি থরায় ইমা নঙ্গী নাইমল—
কোক্লকপনি 'সুন ইমা নঙ্গী নাইফম !

পাইরে ইমা হৌজিক্তি নীংদম-কিরাল মচু'হুম—
হুমিথানা মুত্রিফাও পাইরসন্থু মচু'হুম—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

পীনরে হকচাং নহাক্কী লৈরীক,
চেহ্লনবিরে ঈ নহাক্কী ঈরীক—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

হুংশিৎনা নঙ্গী হাপ্পিরে থরায়,
নরাক্লা নঙ্গী পীনরে ইয়াই—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

নচাক্লি নঙ্গী লূরবা পাংগল,
ননাৎনি নঙ্গী শেংলবা ইরল—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা মঙ্গী জৈ !

শৈরোই

যুগ যুগ থুদিং পলেম চান্ম শায়োনবি,
কংলৈ থোঙজিল য়ৈনা পাব্রি নমোম থোম্নাংবি—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

---

# জৈ মা জৈ

জৈ মা ভারতেশ্বরি,
জৈ মা সনাতনি,
জৈ মা জৈ !

শম্লাং নঙ্গী খোইখোইবা শাংদম তাবা হিমাচল
শম্বুল কিশি লারোল তম ফমদেংলিবি যোগাসন,
নঙ্গী যোগ মঙাল্লা যুগফম খুদিং ঙাল্লিবি,
জ্ঞানগী মৈরা রাংনা পায় জগৎ পূম্বা শেল্লিবি।
জৈ মা যোগ-ঈশ্বরি, জৈ মা পলেম অপোকপি,
জৈ মা জৈ !

গায়ত্রী খোম্থাংনখিবা পলেম নঙ্গী তিয়ানি,
সামগান্না নিনখিবদো পলেম নঙ্গী মালংনি।
অবদান্নি পলেম নঙ্গী শান্তিমন্ত্র অহিংসা—
পীনবনি পলেম নংনা বিশ্বজগত্তা দীক্ষা
জৈ মা ভারত-ঈশ্বরি, জৈ মা পলেম অপোকপি,
জৈ মা জৈ !

শক্তি ঙসি বিশ্বজগৎ নঙ্গী চিরন্তনী জৈ,
শক্তি ঐস্তু তোল্ল' নচা ঙসি পলেম নঙ্গী জৈ—
জৈ মা ভারতেশ্বরি,
জৈ মা সনাতনি,
জৈ মা জৈ!

---

# জৈ মা জগৎপোকপী নঙ্গা জৈ

খোঙদাবক্তে মালেমদা ঋতুনিংথৌ বসন্ত—
লাক্লি নামি' লৈনম পু হুম্লি থরায় খোন্না খোল,
ইপোম্নরি চেক্লাখোল ঈরায়ননা থম্মোইকোল।
তিয়া য়েংলে মঙ্কজে লমজাউ য়েংলুই মনীংথি,
উকোল য়েংলে মহেঞ্জে ঈকোল য়েংলুই মনুংশি।
ঈথক্লরি নীংথিবা মালং নোংলম খোন্না খোল—
লাক্লবরা স্বর্গতুম ফজ থিবিক হুপ্না খোল!

ঈহৌরিয়ে হেদৌ'মা মালেম লৈমায় খোন্না খোল,
ঈফুজিল্লক ইপাল রাং ওল্লে মালেম হেদৌকোল।
শাঁঙেল লৈরাং থিবিক্লা লৈশাৎ তমজ লৈকা হাই
ঙংজরিয়ে খোইমুনা তালোয়ননা কোয়না পাই।
তুম্মা পাইবা চেক্লাশিং চীল্লোক্লরি উকা লাং
য়াইথি মপোক তন্না কাউ বসন্তগী হেদৌ লাং।
মোমোনমিচ্চি তেংগা থোং মীকোল ওংবী লৈরাংশিং
কাপ্লি খুগাপ কূংনা কূং পান্মু মকা মুংশি শীং!

থম্মোই মানা পোরোল শং থোঙ্গী নাতৈ তম্না কাঙ
ফুজিল্লিয়ে মঙাল'মা থম্মোই কাজুম য়ৈনা লাং—

কুম্লোয় লৈরাং লৈহুংশি মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল
পিরাংনজ লীক্লা ফু কপ্লি কনাই মখোঙ তাল !
বসন্তনা মালেমদা খোঙদারকপা তন্না উ
ফজ খিবিক হুপ্না খোম মঙলমদমগী লোইনা পু
কপ্লিবোইদো লৈহুংশি পিরাং অপেল তন্না লাঙ
জগৎপোকপী ইমাগী মখোঙ থম্বাল ঈখৌ লাং !

চরৈ ফিমল থম্লসি ফিশেংনিদ হোংলসি—
কখোক্লসি অরা-নং লোইনা ঙসি খোঁঙা থা
পলেম মাগী থূয়াখা থরায় হকচাং তূনা পা।
কত্ত হেক্ত মকৎসি নিংকী পিনা শেংনা চাম,
চানবিহৈবী ইমানি লৌনি শোয়রোই থেংনা পাম।
হৈগী লৈগী কৈলাস তাদবরা থাদোক্রম
শাহিং ঙাহিং মরক্তা লেপ্লুবদো হিংচারম !

তমথি নিংথম উনথা চা শিথরুরবী মালেম
মহেল্লোজরি খোজাল লাং হৈনা লৈনা মকে সেম।
শংবাল চরৈ খাঙদা থোং তম্ফা পরেং ঙক্তা থোল
তনৌ তনৌ ইনৌ নৌ হেঞ্জরিয়ে ইহুংকোল।
ঙক্রবোইদো উবদা মালেম লৈমই নীংথিবা
শেঞ্জীং চীংগী নম্লোল থুপ যেংই চানা ঙাঙ্রাবা।

চানবিহৈবী ইমানি থম্মোইদনি যেংলিবা—
থম্মোইদনা শেংলবা কুবিগনি অপূম্বা।

শক্তি পলেম মাগী জৈ খোঞ্জেনিদ রাংনা বাং
ভসি কোবা যাইফনোং উনবি থম্মোই মকা লাম—

শীংঙেল পোম্বা পোম্নদ নদোম লৈশাং তমজবি,
লৈবম সুনা লৈশাং তম মালং নো লম ভাল্লিবি,
জগৎপোকপী ইমা নঙ্গী জৈ!

হৈবাং তম্বা তম্নদ তাউজিং হৈবাং যাঙ্গবি,
হৈবম সুনা হৈবাং যাল মালং নোংলম কোল্লিবি,
জগৎপোকপা ইমা নঙ্গী জৈ।

তাইবংমৈবিংশীং ওইনা হেল্লিবি,
তাইবংলিচইনি ওইনা শিল্লিবি,
জগৎপোকপী ইমা নঙ্গী জৈ।

পলেম নঙ্গী তমদনি যাইফজবা থবাযনা
হেঞ্জে নংদি লিনা নো শিদবানি মিংথোম্না—
খুকুমজবি ইকোক নোল জগৎপোকপী অপোকপি,
শক্তি ভসি ইমা নঙ্গী জৈ।

নোংহৌনবৈ নখোঙভম ঙসি কৌবা য়াইফনোং
নিজরিয়ে খূয়াথা শান্তিঈরা—য়াইফনোং,
জৈ মা জগৎপোকপা নঙ্গী জৈ !

———

# থারবনি ঙসি পুম্নিসে খোঙা

শান্নরে ইমা নংনা ঐবু কয়া,
শান্নরে কয়া !
অমুক কপফল
অমুক নোকহল—
য়েংদশিন্ন তুমিন ফল্লপ ফল্লপ য়েং
নোক্কশিন্ন নোকফেৎ নোকফেৎ লৈদা য়েং—
শান্নরে ইমা নংনা ঐবু কয়া,
শান্নরে কয়া !

পীজৈদো ইমা নোংমা স্বর্গগী ভোগ,
পীজৈ স্বর্গই ভোগ !
ইল্লি খোম্নাং পাল্লমগী শক্তমদা,
কোল্লি লুম্না হুংশিবা নখাদা—
শকই নাউশুম ইশৈ ঈংনা হাই হুম
পারি নংবু তাম্লো তুমথুল— হা হুম !
চাখিদো ইমা নোংমা স্বর্গগী ভোগ,
চাখি স্বর্গই ভোগ !

থোংখিদো ইমা নারদগী বীণা,
থোংখি ইমা বীণা !
হুমখি শান্তিগী সুংশিৎ,
মহাশান্তিগী সুংশিৎ
বীণা খোল্লোয় লিরি লিরি,
বীণা খোল্লোয় লিরি লিরি—
চাখি স্বর্গই ভোগ খোংখি শান্তিবীণা
তাখি শান্তিবীণা।

পীজৈদো ইমা নোংমনা দেবভোগ,
পীজৈ দেবভোগ !
পুনশিগী বসন্তদনি,
ইতালোয়গী শক্তমদনি—
শকখি নীংসিংলি সুংশিশৈরেং কয়া,
শৈরোন্নিসু পরেং পরেং 'মুক কয়া—
চাখিদো ইমা নীংসিংলি দেবভোগ
চাখি দেবভোগ !

লাকখি তন্ন স্বর্গ শীনখি থুংনা লৈমায়,
হেনখি তন্ন লৈমায় !
চেল্লি মন্দাকিনী মিনা ঈথোল
হেল্লি নন্দনকানন সুনা লৈরোল—

শাৎলি লোইনা লৈগী জাৎ,
তম্লি লৈশাৎ পারিজাত—
লাকখি তন্ন স্বর্গ শীনখি থুংনা লৈমায়,
হেনখি তন্ন লৈমায় !

লৈই শয্যাদনি পারিজাতনা সেমনি,
লৈই শয্যাদনি !
লতাকুঞ্জ মনুংদনি,
হৈনম লৈনম মরক্তনি—
ইল্লি অমৃত মখুৎমক্না রম্ভা,
শকই বাণাদা নুংশি-শৈবোল কয়া—
চাখিদো ইমা দেবগী ভোগমক্লি,
দেবভোগমক্লি !

হেলোইগী মায়া লৈরুনি কয়া কুই,
খাঙনি কয়া ফুই !
ওইখি তন্ন লতাকুঞ্জ শায়গী কোল,
তাখি শয্যা তিংখং মপৈ তন্ন ওল—
মাঙ্খি রম্ভা—লেপখি মাঙদা হেলোই
খাঙ্খি তিখংনৈনা স্বর্গই ভোগ লোই—
হেলোইগী মায়া লৈরুনি কয়া কুই,
খাঙনি কয়া ফুই !

পীক্তৈ নোংমনা ইমা নরক্কী ভোগ,
পীক্তৈ নরকভোগ !
ধর্ম্মগী মিংদা মৈফম লিং
অধর্ম্মনা চূই হিংনা হিং—
মথুৎমক্কা ইতালোয়
মথুৎমক্কা ইতালোয়—
চাখিদো ইমা নোংমা নরক্কী ভোগ,
চাখি নরকভোগ !

নত্তেদো সিদ—লৈদো অতৈ কয়া,
লৈরিদো কয়া !
হেনখি নোংমা ঐ ইন্নুং শক্তিক মতম
চখ্খি লৈন্নুং তন্ মানা চঙবা মতম—
কয়ানিদো মশান্ন
ইমা নঙ্গী মশান্ন—
মথল মথেন্নি লৈরি কয়া কয়া,
লৈরিদো কয়া !

য়ারৌরুই পূক্তা ইমা নংবু কয়া,
য়ারৌরুই কয়া !
লুনা তোদে ইমানা ঐবু,
থীনা তোই ইমানা ঐবু—

খঙলুদ ঐগী ইচৎননি,
য়েংলুদ ঐগী ইতৌননি—
রারৌরুই ইমা নংবু পুক্তা কয়া,
রারৌরুই কয়া।

রারৌদ্রে ইমা ঙসিদি নচা ঐ,
রারৌজদ্রে ঐ !

খোংবিবনি পেনা খঙলে খোঙলৈ য়েং
ইনবিবনি অত্থম ঐগী খোল্লৈ য়েং,
হাপ্পিবনি থুৎলোল ঐগী শৈশক য়েং
খিংবিবনি শরিক ঐগী তানবু য়েং—
রারৌদ্রে ইমা ঙসিদি নচা ঐ,
রারৌজদ্রে ঐ !

শান্নরো ইমা ননীং তন্না ঐবু,
শান্নরো ঐবু।

থম্মোই শুম্বা রাহোং জগোই তন্না নোয়
শান্নগে শান্নবো ইমা ননাংনি,
থম্মোই থুকপা পাম্বা চেগপ তন্না চোং
শান্নগে শান্নরো ইমা ননীংনি—
শান্নরো ইমা ননীং তন্না ঐবু
শান্নরো ঐবু !

শান্নগে শান্নৌ ইমাগী ননীংনি,
ইমা ননীংনি !

নোংজা তাংলো ঈচিক খোল
নোংফাইনবা থাবল কোল
লিরি ঈপোন্নবা বাঁশী খোন্নোই পাল
নুংশিশৈরেং মিনা শুং থম্মোই তন্ শুম
শান্নগে শান্নৌ ইমাগী ননীংনি,
ইমা ননীংনি ।

পাম্মুদ্রে সিমা শান্ননীংবা শান্নৌ,
অপাম্বদ তৌ
নোংজা ঈচিক তন্না কাই
মুশিনবা মালং থায়
থম্মোই থুক্না শুংবা পাম্বা খোনফম পাল
অকিখোন্নাউ তন্ থা থম্মোই থুক্না শুম
শান্নগে শান্নৌ ইমা ননীং তন্ তৌ,
অপাম্বদ তৌ !

শান্নরো ইমা শান্ননীংবমখৈ,
শান্নৌ লোইনা খৈ,

পুনশি ঈচেল পিথক্লিনা মুক্ত্রি মৃথৈ,
শাম্নৌ মুক্ত্রিমৃথৈ।

থব্রায় হকচাং তৃনা কং
মিংগী পিনা তম্না থৈ
থারবনি নথোঙ সনা থুয়াথা
থারবনি ঙসি পুনশিসে থোঁঙা !

---